# ঐ মিনিষ্টরনি।

## অহানবা মতাং

ভশা হন্দক্তি ঐনা কংগ্রেস পার্টিগী টিকেটতা ভোট কারকপসি নুংঙাইরেদকো হে সত্য। হে ঈশ্বর নঙনা ঐবু হন্দকমুক্তি চানবীবগী থোঙ লাওনা হাংদোকপীদুনা থম্মোয়গী লৈরাং মকা ফম্না শাৎকায়হল্লিদকো। ঐসে পুকচেল চাউবদস্থু থম থেংনা, ভারত শীন-থুংনা মমি' চৎলিবা হাওবম খোমদোন সিংহ হায়না কাওরিবা মণিপুরগী সেকেণ্ড গান্ধীনি। পুকচেল অদুক হাক্লা চাউরবা ঐহাকসে ইলেক্সন ময়াদদি ঐগীতা হেক থনবদা অতোপ্পা কেণ্ডিডেটতো হুমুক থায়। মহাক্তা অহিং মঙঙাকনদুনা শিরবদি নুংঙাইগনিদকো থন্দুনতা মরৈ। মসি ঐগী পুকচেল শীকপা ওইগদ্রনে ? ওইরোইদা। চহি কুনমুক অসিস্থু মহাক্তনা কাদুনতা লাক্লি, ঐনা অমুক্তা য়াম্নগে হাংদুনা নাম্মে তাখত্তুনা অহিং কয়া তুংদবমথৈ হোৎনজবদো অরেম্বা হেক্তা ওইহৌই। থাগৈমক শেংবা মহাকসে পৈশা পায়বা, প্রজানা য়াবা মীওই হায়বদো ওইখ্রে। অদুবু ঐদি চহি খুদিংগী লুপা ভারী ভারী পাকশিদগী মশা থপ্তুনা পাইথোকখিবনা পাই অমা কাওবা পকহৌদ্রবনিনা ফুমিদাং ফুমিদাংনা তল চারে, অয়ুক অয়ুক্তা চাক চারে। মতম থরগী তুংদদি অয়ুকস্থু ফুমিৎদাংস্থু

ভল ঙাক্তা চায়ক্লে, অদুবু অরাবদি ভল অহ্ ফাওবা চানীংঙাই লৈশিল্লক্কবদগী য়ুমলোম্নবশিংগী মমাংদা চারা হেল্লি হায়বদি ইকাইমনখ্রদুনা মনীংথোংদা থোক্লগা চিন পংতেংদা তেংলবনি। মীনা খর য়ামদ্রবস্থ খর ফগদবনি অদুবু অরাবনি, ঐগী মুপী ভরেৎনা পোকথরকপা অঙাং কুনমঙানি। পূম্না ঐখোয় কুস্থ্রা-চুমদোইনি। মরাম অসিবু থাক্লনবা হোৎনবদা ঐ নেত্তা শাজনীংদ্রে। চারা হেল্লগা রাজনিতি য়াওবা ওই-ওইনরদুনা য়ুমদগী ফিজোল নান্না-নান্না শেৎলগা তাইবঙ কনা খঙদ্র-উদ্রবা মফম কয়াদা নুং থুগাইদুনা পৈশা তাল্লুবনি।

হন্দকমুক এলেক্সন মম্না য়োরকপসিদা কপ্লতনা ইশরুক ওইরে। লন-থুম মাঙ-তাক্লবনিনা অঙাং মচা অমফাওবদা ভোট থাদবীয় হায়দুনা মখোঙ পায়ত্তনা নিতিগী তরেৎতগী তাদনা খুরুমজবনি। খোন অসিস্থ খোনসি চৎলম্বদগী রা ডাওবা ফাওবা থোকখিদ্রে। মায়-মীৎ অসিস্থ ইপোম পোমখিবনা মীৎশাংতনা মীৎ পাঙথোকপা য়াখিদবদগী নিতিগী তুম্বা হোগৎলকপদা খুত্তা তিন পরা অমমম তৈশীন্দুনা মীৎপান অসি পাঙবা য়াননবা হোৎনজবনা কোঙ্গাইনি

অদুবু হন্দক্কি ঐনা ভোট কাদুনা এমঃ এলঃ এঃ ওইর বনিনা প্রজাগী সেবাদা থরায় থাবমথৈ হোৎনরগে, রাখল অসিনা লময়োখি। অমুকস্থ খল্লি হন্দক ঐনা ভোট কাবসিদা প্রজাগী সেবাদা থরায় পারবদি মতুংদস্থ ঐনা অমুক হম্না কেণ্ডিডেৎ ওইবা শোয়দ্রবনি। অদুবু খঙদেদা পৈশা লৈত্রবদি থবক খুদিংমক ইফ ফজহনবা য়াদেদা।

ভোটময়াদা ঐনা লৈরক কোন্সাং কয়াদা চত্তুনা হীক্রবা খোঞ্জেলনা থম্মোয় শোক্লা লাউখিবা, চহী কয়া প্রজাগী সেবা তৌজনীংবনা হয়া হয়া মায়থীরবস্থ হয়া হয়া পুক্লিং হস্থবা তৌদনা লেপচরি। খুত্তা পৈশা মরি ফাওবা পায়ত্রবস্থ প্রজাবুদি সুংশিবনা মীৎকুপ খুদিংগী থম্মোয়গী মিহুনস্থ হুনখিবনা মায় লৈথোক্কুনা চেঞ্জবা ইতিক ওইজদে।

করিগুম্বা প্রজাগী ঈ চুপকে হায়না খন্দুনা এলেক্সন অসি লেপ্পা ওইরবদি মায়থীরবা ইরোল-ইরাং তাক্লবা ঐহাক্লা অমুক হয়া সমাজদা মায় উৎলমলোই। "চানবীহুনা সুংশিবীয়ু।" থাঙ্গৈমক শেংনা লাইরবা ঐহাক্তি লাইরবা প্রজাগী মরুপনি" রাহৈডুমক নীংশিংলকই।

অহুবু "হে ঈশ্বর" নগুসে ঐগী থাঙ্গৈমক শেংবা মরুপনিকো। নগুনা ঐবু মায় পাকহনবসে পুক্সিসিদা অমুক হয়া লমন শিংবা শুয়রোইকো" রাখল অসিনা লময়োৎহুনা ঐ হিংজবনি অদুবু এম: এল: এ: ওইরবনিনা ঐ ইশামক ঈশ্বরবু কাউথোক্কুনা ইশামক্লা ঈশ্বরগী শক্তম লৌখে।

মীডোম্দদি হায়দোকপীরুগনু ঐসে লাইরিক শুকহৈ হৈতে। ইশাগী সকি ফাওবা তৌবা হৈতহুনা য়ুমদা কয়া হোৎনবদগী উচিন নাচিম্মা ইমিং ফাওবদি ইবা শুয়কলে। ইশাগী চহীস্থ হুমফুগুম্বা মপুঙ হাযরক্লগনি। মায়স্থ নোংম-নোংমগী থুইথ-রকপনা, থজাই চাইরুংস্থ ইচপ চপশিল্লক্কুনা য়াগসে য়ারিমক্তা শায়শিল্লকপদগী হন্দক নৌনা হাপ্লুবদগী রা শাওবদা সুংশিৎ চত্তুনা লৈরোন লৈফাই শেংলমদবদো থরদি মফরে।

ঐনা পাখৎপা হায়বদুদা নহারোল ছাত্র-ছাত্রীশিংদগী হেন্না ক্রিবা মণিপুরসিদা অনিশুনা লৈত্রে। ইসে! ঐ থৌদোক অমবু নীংশিংলকই। নোংমা ছাত্র-ছাত্রী নহারোল কাণ্ডবু অমনা করিগুম্বা এসোসিয়েসন অমা শেমগনি হায়দুনা ইংলিসতা ইদুনা চেয়োম ময়াম অমথক পুশিল্লকই। ঐদি ইংলিসসু পাবা হৈত্তবনিনা আনোক লৌথোক্কনা মকোক মমৈ ওন্ননা য়েংলগা ময়াম্না ওন্নরে ওন্নরে হায়দুনা য়া-য়া লাউনরকপদু ঐনা ইকায়-মনগদুনা আনোক অসি ইমক মকশিল্লে হায়না খুমদুনা খরমথৈদি শাফখি। মথোঙ মরম ইখঙ খঙদনা ঐনা মখাদা সহি তৌখি। অদুদগীদি মতুংদা "করম্বা মতমদা লুপা লিশিং অমসিগীদমক্তা লাকচৌ হায়বগে" রাসি ভাবদা ঐ শ্বাই লাউই। মথোয়না লাকলিবদুদি এসোসিয়েসন অসিমা লিশ্খৎপদা লুপা লিশিং অমখক্তং তেংবাঙবিদুনা শরুক য়াবিয়ু হায়বা ওইরম্বদগী ঐসে মথংগী নোংমাইজিংদা লাকউ হায়দোকখিদুনা মুমিৎ অদুমা ম্বর নে-ভানা হোম্মুদুনা নাতোন নাকচিদা হুমাং মরিক-মরিক কারকপদো ফখি।

অদুদগী নোংমনা অমুক ঐগী ইশু থোকই। মহাক্তো ঐগী ভোট ময়াদা য়াম্না রাজখিবা অঙাং অমনি। তফিং তফিং চঙলক্কনা ইংলিসনা ইবা চে খর পুশিল্লক্কনা সহি তৌননবা হায়জখি।

ঐনা চেদো ইয়েং য়েংদনা "ইপু মীৎ নারি করিগীনো হেক্তা হায়য়ু।" রাহৈ অসিদগী মহাক্তা "করিগুম্বা রুব অমগী পাঙথোক্কদবা থৌরম পরেংনি, হায়রিবসে য়াবিয়ু অকবনি"

হায়রকপদগী সহি কোক তৌথোকউয়ে। হায়রিবা ক্লব অদুদি করি ওইরম্লবগে হায়ববু সরকারনা রিকোগনাইজ তৌবা য়াররোই হায়দুনা থম্বা ক্লব ওইরমলে। কনাগুম্বা এম: এল: এ: নত্রগা ওফিসারশিংনা সহি তৌ লাববা য়া-দ্রবা চেদো ঐনা য়াবীরুবদগী অঙাংদো মাগী লুপা থর ফংজমাল্লে। মমৈদা ঐনা অসুম পাউ লৌদুনা তবদা অঙাংদুনা অসুম হায়না ময়ামদা লায় হায়দুনা তায়। "মসিগী সহি লৌববু কয়াম লুবা থবক্লো? ঐখোয়গী লৈকায়দা ত্রম: এল: এ: লাইরিক হৈংবা হন্নবা অমা লৈ। ইংলিসকা পাব হৈবা ঙোং নত্তে। পঙংগায়দ হায়জিল্লগা সহিদো ঐ লৌরক্কে লুপা চত্রিকথক্তা পায়" অসি রাদি হায়দুন অঙা দুনা ঐবু পাউথোকমাল্লে।

মীঙোন্দদি হায়দোকলুগনে। সংসারসিদা হিংবা তারবদি পৈশা পান্দ্রবদি য়াদবনি। ঐসে ময়ামগী মমাঙদদি য়াম্না চম্বা অফাওবা নেতা অমা ওইনা উগন্দুনা লৈরকপা অদুগা মপুংদনা পৈশাবু পায়শীন্নবা হোৎনবা মীশক অমা ওইরক্লে। লুপা পৈশাতবু হায়রবদি থোঙ লাওনা-লাওনা হাংদোকপীদুনা রা-রা লাওনা নোক্কুনা থম্মোয় অসি অশেংবা নেতা ওইরি। পৈশাগী মর নত্রবদি রাখলসে অপোম্বা লৈরাংগুম তুমিন্না ফমদুনা রা-রানগকা ঙাঙবীপোৎ নত্তে। ইবুংঙো হয়েং হংচিৎ হাযদুনা য়েথোকক্রি-পোৎনি। লুপাগী মমি ফংলবদি মখোয়না হয়েং হায়বদু ঐনা ঙসি হায়রিপোৎনি।

অদুবুনে ঐনা পৈশা কয়া চাজরবস্তু মখোয়গী থবক্তুমদি খক মায়থীহন্দে, করিগুম্বা কদাঙ্গিন্তা থবক্কুনা মঙ্গল ওইদ্রবস্তু য়াম্না থুনা পৈশা হন্দোকখ্রিবা জাৎনি ঐনা তৌবা থবক্তা অশোয়বা অমত্তা যাওখিদে। থবক অমগী দমক্তা ঐনা পৈশা লৌরবস্তু মায় পাকপগী রা হান্না ঙাঙবীরম্মী। ফেল ওইবগী রা শুকপন শনবীদে।

তাংজ শিম্না হঙোইবু ফংনবা হোৎনবদা পুকচেল শীকখিবগুম, লুপা ফংনবগী লম্বীদদি ঐগী থম্মোয়গী থোঙ অসি লাওনা হাংদোক্কুনা পুকচেল য়াম্না চাউখ্রবা জাৎনি। থম্মোয় লৈরাংগকাসু মকা ফম্না মথল মথলগী লৈরাং কয়া শাৎলিবা জাৎনি।

ঐনা মনুংদা শাম্নরিবা লীলা ময়াম অসি কনা অমত্তনসু খঙবা নত্তে। ঐনতা খঙবনি। অদুবু ঐগী অরোনবা মী থরদি লৈ। মখোয়তনদি পৈশাগী মরমদা পাউ হেক হেক পুরকপনিম্মা অথাম্বা মতমদা ঙা থেংবদুম পীজরীবনি।

ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী মপ নগী নেত্তা মানবা শক্লোন পুবসিদগী ময়াম্না নুংশিবীত্রনা ঐতবু শোন্নবীখ্রে! হন্দক মন্ত্রিগী ফম অমসু ফংলত্রনা মীপুম তিনা অঙকপা ফংনা সন্মান তৌদুনা ঐগী মাংদা ভুবৎ শমদুনা চৎপা ফাওবা ওম্নদ্রে।

হৌজিক্কি মন্ত্রি ওইরবনিনা ঐনা কনাবুসু কিবিদ্রে। লঙ্কাগী রাবন্দগী মথক থোংবা মীওই অমা ওইদুনা হীরম খুদিংমক্তা তৌনীংবতা ইকুশি ওইজরে। ঐগী য়ুমদা অমুক্কং

লৈবাক্কী খুৎকীগনি, নোমংকাদোক তুমিন্না য়েংবিরো-লাও। হিঙ্গোলনুংদো ইনা কুপ্পা য়ুম অমফাওবা উবা ফংলরোই। ঐগী য়ুমদুম্ব মথোল অহুমগী বিলডিং ওইরবনি। অরাং, নোংপোক, মখা, নোংচুপ শঙ্গোইনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা মপানগী অনৌ-অপেন উবদা ঙমনা থোক্লগনি।

সরকারগী গাড়ী অদুমগা থানা ঐগী হিপ্পুমগদি অনি শুরে। ঐগী মিংদা লৌ য়াম্না পাংনবদি য়াম্রবনিনা ইচা-শিংদগী হেন্দোক্লুনা শাগৈ নাতৈগী মীওইশিংদস্ত নামা পানবনস্ত মশীং থীঙমদ্রবনি। ঐগী ইনাও নুপাশিংগী মিংদা টাটা গাড়ী অমমম হন্দক্কা থুংলরবদা মঙাইরি। গাড়ীশিংদো ঐগীনি, অদুবু মিং ওন্থোকপগী ঙমদনি।

ঙসিদি ঐগীনুপী তরেৎ অমদি ইচা কুনমঙাদো নিংথৌ মচাদগী লেপ্লবনি। মীপুম তিংনা ঐগী ইচানি, তাবদা মিংনা হঙংনা ফাওবা য়েংনদ্রবনি।

ইচা কুনমঙা অহগী মগুংদা তরামাথোয় অমদি নুপানি। তরামরিদি নুপীনি। নিঙোলশিংদুদি অয়াম্বনা ময়ুম লোইনা পানখ্রে। অহুমথক্কংদি লৈহৌরি অদুগা পিবশিংদুস্ত অয়াম্বনা লোইনা ময়ুম পান্নখিবনা মচা অহুম-মরি শুনবনা অয়াম্বনি। খ্বাইগী অঙোনবা মথোয় অনিথক্কুংদি ময়ুম পান্দ্রি। ইচা ময়াম পোকপসিদি মহা কুইম্বনি। সেনেমা অমুক য়েংলুদ্রবস্ত ঐগী ইমুং য়েংলগা অদুম পুংপেন পেল্লে।

ইচাশিং অদুগী মমুংদা ডাকুস্ত য়াওরে, সাধুস্ত য়াওরে, ঈশৈ শকপস্ত য়াওরে, নেতাস্ত য়াওরে, মহা লিলানি, পুংস্নগেক শুরে।

ইচা অমমম লুহোংননব হোংনবদা গাড়ৌ ডজন ভরাদগী লাদে। অচা-অথক, বেল, মাইকতগীনচিংবা মীপুম তিংনা ইশ! হায়নদবা মণিপুরদা তাওনা থোকই। মীনা হায়নবা রাহৈ "মথোয়গী লুহোংবসিদি ঈশিং ইচাও লাকপা মঙাইহে"। মত্ত তারগা ঐস্ত ভাইহাক মতেক থম্মোয়দা ইস্তংরষ্ট লৌজদুনা ঈশৈগকা মোন্দা মুঙাইনা ভংজরিপোৎনি।

নোংমা ঐনা ঐগী মাঙ্গোলদা মুংশা য়াইদুনা ফমসিহৈদা অভাং অমথক্না য়াম্ন থুনা পরপ-পরপ চঙশিল্লকতুনা "ইপুবোক ইপুবোক" কৌরকই। রাহৈত্ত ভাবদা ঐ য়াম্না শাউনিংলক্লে মরমদি মণিপুর সমাজনা মন্ত্রিনি হায়দুনা ব্যবহার তৌনরিবনি। মীনকাওবা কন্না য়েংনদ্রিবনি অদুগা মহাক্না ঐঙোন্দা ইপুবোক কৌরকপসি ঐগী গুণ য়াম্না হন্থরে। শাউবনা হেনমনখিবদগী মিহুন ফাব ভমদ্রদুনা "নপাগী ইপুবোক্না" হায়দুনা খুত্তুম্না হমুক অনিরক্তং থাবরু নাহি তাদুনা কপ-কপতুনা অদুম হনখ্রে।

থাঙ্গৈশেংনা ঐঙোন্দা ইপুবোক কৌবা য়ারোই মরমদি ঐ মন্ত্রিনি, সাহেব হায়না কৌরবদি হরাও-হরাও খুম্নীগদবনি। নত্রগা সার হায়না কৌরবস্ত ময়াবনিমা।

ঐগী য়ুম অসি উরগা মীপুমথিংনা শোয়দবা অতাংঙবনি। মহাক্কী য়ুম অসিদি কোয়ুংদ কোয়ুংগুম্বনি।

ঐগী হৌজিকমক লৈরিবা ইচা মুপা অনিসিগী দমক্তা ওইনা লম লমগী মশক ফজবী লাইরিক হৈবী চন্নুরা কয়াগী মমা মপানা নিঙোল থাক্তগে হায়না দরখাস্ত থারকপদা আলমারী অমা চিঠিনা পুমথন থনগ্রবনি। ইতোন তোনবা মুপামচাদুদি রাখল অমা তৌই। ময়ামগা শুকমান মান্নদে। ঐগী মায়মোক্তদা লেপই অদুগা মাগী মথক্তুদি ইরাং য়াম্না পাম্বা মীওই অমা ওইবনিনা ঐনা হায়বদা ইল্লি। ইচা মুপা শেমগদবা মখোয় অনিনা লোইরবনিনা গাড়ী ডজন য়াখৈদগী তাহনবা য়াবা নত্তে।

*  *  *

ঐনা মীগী থবক হাপ্পগী পৈশা মথং মথং লৌশিল্লকপদগী য়াম্না মুংঙাইরে। অদুবু মতম খরা লৈরগদি ঐনা হোৎনরুবা থবক কয়া মায় পাকপা ঙম্লক্তবনা অয়াম্বা ওইরক্লে। লৌশিল্লুরবা পৈশাদো হন্দোকপীরো হায়না লাকপনা নোং ঙানদ্রিবৈদা শুমাং থনখরে। হন্দোকখিবস্তু য়াওই, শুকহন হনবিখিদবস্তু কোঙায়নি। লুপা মঙা ৎরা পীদুনা মপুং ফাহনখিবনস্তু অয়াম্বনি। অদুগা থীনা চৈদুনা থাদোবখিবংস্তু অয়াম্বনি। হেরা কায়দেসে, মীনা থীনা ঙাঙনগে মখে ঙাঙনজসনু লুপা ফংলগা লোইরে। মতুংনা মতুংগী থোকপা অদুম লাক্কনি। ভোটর অমমমদা লুপা য়াখৈ য়াখৈ পীদুনা লৈরগা লোইরে।

ইসে। ঐদি য়াম্না নোক্লিংলবা অমবু নীংনিংলকইদা। ঐনা ভোট কারক্লবা মতুংদা হায়বদি মন্ত্রিকা ওইরক্লবা মতাং-দুদা নোংমা এসেমব্লি কমথি। মদুনা ঐগী পুন্সিদা অহানবনি। ঐগী মাঙদসু রাঙাঙ চফু অমা খিন্দুনা লৈরি। য়া খিত্তং ঙাঙবদা অমসুং স্বর খিত্তং কন্না হোনবদা তাখিবনা হেক্তা মহাল্লি। মতাংদুদা এমঃ এলঃ এঃ খুদিংমক্কী চহিগী তৌগদবা থৌরম পরেংগী ওইনা লাইব্রিক অথাবা অমমম ফংনৈ। ঐসু অমা ফংই। ইংলিসনা ইবা ওইখিবনা ঐ পাবা তৈতে। ময়াম্না য়েংই হায়দুনা ঐসু অদুম য়েংই। মতমসিদা স্পীকরনা "পেজ রান হন্দ্রেড্ জিরো রান" য়েংঙু হায়না হায়নরকপড়দা ময়ামসু ফাক্তুনা য়েংনৈ। ঐসু কাক্তুনা য়েংবদা ইংলিস মশীংদি খঙদ্রবনিনা পঙফাক্তা ফাকপদা হুমাং অনপ্পা কায়। আনোক অমুক লৌথোকই, অমুক উপশিল্লি, অমুক খুত্তা তিন তৈশিন্দুনা হাংদোকই তৌদুনা লৈবদো মীপুম তিংনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংই। পুং অমগুম্বা কাক্তুনা হোংনরবা মতুংদা থংন-রিবা এমঃ এলঃ এঃ অমা চঙলক্তুনা তাকপীখি। ঐ য়াম্না ইকাইবদগী হেন্দোক্তুনা মায়, মিংনা, মৈমুক শাদুনা ঙাঙশং ঙাঙনা খাঙখি। ঙাইহাক্তদা ঐ মন্ত্রিকা ওইজনীংদে, মফমদুদগী হৌগত্তুনা চেন্নীংই। অসি ওইরেকো লাইব্রিক হৈতনা কম অচৌবা শায়নীংলুবগী অরাবা হায়না খন্দুনা য়ুমদা লাক্লগা অহিং কয়া তূমদবমথৈ "অ, আ, ই" নৈনবা হৌখি। অদুবু হৌজিক্তি মা-মাদুনা বনান তৌর-তৌরগা নৈতৈরোন্দি খর

খর পাবা ঙমলে। ইংলিসতি মঙ মঙলি। করম্বা মঙমদা অমুক্তং ইংলিসসে কাবক কাবক পাবা ঙম্লকদগে খনবদা রাখলনা লাই লৌখিহ্নুনা রাস্তবদগী ময়াম চঙহ্নুনা লরায় লেমফুদা ঈশিংকা থাহ্নুনা হোৎনরম্মীবা জাৎনি।

ঐগী ইচা অতোনবা অহ্নগী মমিংনা রোমচন্দ্র অহুগা মাগী হেক মথক ময়াম্বা অহুনা সোমচন্দ্র কৌই। ঐগী ইচা অনিগী লুগোং খোঙদোংবা অসিমক্তং লোইরম্লগা বৃন্দাবন্দা চৎলুগে হায়নস্থ খল্লি। রাখলসে অবেপ্পা অমকাওবা লৈতেদা। অহুবু ম্যাম্না অরাবদি ইচা অতোনবা রোমচন্দ্র অসি লুহোং খোঙ-দোংবগী রা অমকাওবা পল্লুবা য়াদে। হায়না হায়না সোম-চন্দ্রদি মপানা হায়বদা করিমক্তা হেদোই হেরাও কাদে। রোমচন্দ্রদি ময়ামগা ইমান মান্নদে, ঐগী মায়োক্তদা লেপই। মাগীদমক শনবদা ঐসে রারবনিনে। মখোয় অনিগী কর্ম্ম অসিত্তা লোইরবদি শিরবস্থ লমন তোল্লরোইকো। হে ঈশ্বর তুংদা করম তৌরগবা........ ..।

# অনিশুবা মতাং

ঐসে পুৰচেল চাউবা হায়বদুরা নত্ত্রগা পীকপা হায়বদুরা করিনো খঙদে ইশাগী ওইজরমনিবু হায়রবদি নোং ভান-বদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা য়াদা ঈশিং মরিক অমত্তা তাদবগৈখৈ লৈবা ঙম্মী। ইচা অহনগী মথংদুনা হাকুম থাবল চোংবদা মী অমথক শীংজঙনা য়ান্দুনা হাত্তোকখিবদো মীপুম তিংনা য়া য়া লাউনগ্রবনি অদুবু অহন্নোয় ওইরল্লবনিনা চেল্লুবস্থ হিংলরোই খন্দুনা ঐনা অদুম য়ৈশিন্দুনা থম্লগা লোইশিনগ্রবনি। নুংঙাইদকো প্রজাগী মপা-মপু ওইবা হায়বসে। অমরোমদস্থ ঐসে মন্ত্রিনিকো।

ঐগী ইচা সোমচন্দ্রগীদমক্তা ওইনা ইনাক কৈরাক খুনবদা কুবেরগা লম্বারিবা উরিপোক্তগী শ্রীথোঙাম বীরগী মমোমলোই শিলাবু লুহোংননবা হায়ন শিংনরুবদো মায় পাক্লদুনা লুহোং-বগী নুমিৎ লেপ্লবনি। শিলাস্থ মশক মতৌ ফজবদা হায়ফেৎ মমিং চংলিবী, নুমিদাংদা পাখঙ মচা কয়ানা থোঙ্গালদা চা রিবা মতমগী খম থেংলবী চনুরা অমনি। মনম নুংশিবা লৈরাং শাৎ-পদা মলয়া নুংশিং নামীবনা মায়কৈ শীনবা থুংনা হুল্লবদা বসন্তগী খোইমু কয়ানা পুক্লিং মরাঙ হৌদুনা লৈখোংলক্তা কোইঙং ঙংদুনা পাইরকপগুম শিলাগী মফমদা পাখঙ কয়াগী মপাউখোলনা নুংশিৎমুক কুঙখরে।

ঙসিদি সোমোচন্দ্রগী লুহোংবা নুমিৎনি। মফম থুদিং ইরাং লাংখরে। মসিগী মরমদা থোইদোক্না হাংরুবগী কান্নত্রে।

মীপুম তিংনদি ঙাঙনহৌই "ইনাক খুনবগা, ইনাক খুনবগা পাঞ্রবনিনা শোরোক অসিসু সনাগী শোরোক ওনথ্রে। গাড়ী ডজন য়াইথেনি। শোরোক্তো মীনা খুরক হাংদে। অথুবা থবক অমা চৎপা তারবসু মতম থরদি থেঙথগনি, মরমদি মীনা চীক্ল-চায়নবা ঙমদবনা। ময়াম্বগী লুহোংবদা চঙলিবা লুপা মশাং থীঙমদ্রবা কয়াসে উরগা রোমচন্দ্রদি যাম্না রানা খাঙদুনা লৈরি। করিসু লৈতবদা লুপা কয়া অরেম্বদা চঙহনখিবা কয়াদুবু য়েংলগা চাক পুক থনবসু নত্তবা করিবু কান্নগদগে খন্না খন্না ময়া ত্রক ত্রক চৌক্তুনা খাঙলি। ইমুং মনুংগী মায়য়োক্তদা লেপখিবনা তোঙান্নদা তাদুনা ঙসি ফাওবা অদুম মরৈরী। ইমুংগী বিভম অমদি থোদোক কয়াসে উরগা অমুক হন্না অহল লমনগী য়াথং ইন্দুনা লুহোংলরোই। মশাগী ওইগদবা নুপীদি মশানা থিজগদবনি হায়দুনা ময়ামগী রা থওইনা তাদে।

ঐনা মস্থি অমা ওইরক্লনা লুপা কয়া ফংলকপসিসু মঙোন্দদি য়েরবগুম থোকই। মসিগী অঙাংসে ঐগী মায়য়োক্তদা থবক তৌই। মতম থর রৈরগা জেলদা কোক হেক থমদোকপ্রগা লোইরে। অদুবু রা অমা লৈরিনে, অঙাং অসি ঐগী ইচা নুপা অতোনবনিকো। কান্নদেসে শাউগে মথে শাউখিসনু। মতিক চাবা ইমৌ অমা থীদুনা গাড়ী ডজন চামনা খুজিং ওইদুনা মীমাঙদা লেন্নগদবনি। অদুগা মরাইনা জ্ঞান তাক্ল-রকনি। ঐগী ইচাশিং অসিনা কনা থীনা অকায়বা থবক তৌরম্লবসু জেলদা হেক্তা থম্দসে ঐদি ঙমদে অদুগা লৈকাইনা

নত্রগা মীতোপ্পা মিংয়েং খিত্তুং কাম্বল চনখিবদদি জেলদা কোক হেক্তা নমশিল্লি, ঐগী থম্মোয়সিবু করি থম্মোয়নো? হে-রা ঐনা নিংথৌ ওইরবনিনা তৌনীংবতা তৌরিবনি কনানা থিংবা ঙমগনি হায়রগে। ঐসে মন্ত্রিনে, মন্ত্রি .... — ।

* * *

রোমচন্দ্রদি ভাজ হোটেলদা লৈবা মখক মতৌদা মতমগী হেলেনগা লাম্বারিবী, মমাংঙৈগীদা হায়রগা মোইরাংগী থোইবীদগী হেঙ্গুরিবী. ভারোই শাবানগী শক্তমদা চোইজাইনবা শম্নাংনা নীংদু য়ৌরিবী নোকপদা রাশি লৈবী, শেঙ্গেই শক্তাদগী শগোল মায়থোং হাইকেং চঙলিবী, পূর্ণিমা থাজনসু ইকায়জত্তুনা লৈচিন মরক্তা নত্রগা অমংবা নোঙলক্তা কিজিনা মায়থোঙ খুম্বগুম হেক হেক লোৎচরিবী. মেমোল্লিগা মুংশিবগী ঈপাক্তা ঈরোই-মিন্নরকপা লোইদাম থাবুম কুইরক্লবনি। মেমোলিগী মরুওইবা শিনকমদি ওক্লবীনি। ওক্লবীমক ওইরবসু চক-চাক্নী মীওইদি ওইদে। মহাক্তি মচা-মশুগী মীওইনা হাইজিনবা ঙমলোই। লুপা লিশিংদা মমল তিক্লরিবীনি। মঙোন্দা হায়না শীংনরিবা মীওইশিং অদু ক্লনা লুপা পায়তুনসু মশাদা লায়না পক্লবদি মিৎচৌনক্লাও য়েংবীরুদে। মাদুগী ইনস্পেকসনগীদমক্তা ডাক্তর অমসু তোঙাম্না লৈরিবনি। ভাজ হোটেল অসিসু মণিপুরগীত নত্তনা পৃথিবী ফাওনা মমিং চৎলিবনি।

ওক্লবীনি খঙনা-খঙনা রোমচন্দ্রনা মেমোলিবু অসুক শাথীনা মুংশিরুরিবনো? থাজৈমক শেংনা মুংশিবা হায়বসে অঙকপনিকো

"Love is blind or Love is poison হায়রবে অদুম্বা পুংচুম চুম্বা ককপা য়াররোইদবা রাইহেনি।

তাঙ্গ হোটেলগী খ্বাইদগী মথক ইথং থ'বা থাক্লি, মেমোলি মচুম ভানা কেরদুনা শকয়েং মীংশেল লেপ থুম্বদো য়েংদুনা হিমানি পাওদর থাদুনা তুমিন্না ঈশৈশস্তু ঙংলি। ঈশৈ ঙংনা ঙংনা মখল মথেলগী আলমারী অশাংব মনুংদা লৈরিবা ফিজোল-শিংদো হাংদোক্কুমা মুন্না য়েংলি। য়েংনা য়েংনা মশাগা পক্কত্রা হায়দুনা মথং-মথং মখল মখলগী ফুরিৎ লৌথোরক্কুনা মপান্থোম অমদি মথবাক মনাক্তা নকশিন্দুনা য়েংই। মমৈথংদা শিল্ককী অঙাঙবা আরমলেস থবাক কোৎথোকপী অদুমা লৌথোরক্কুনা লিৎশিল্লে। মনুংদনা ফিগা অঙৌবা অদুমনা ফাজিন্দুনা লৈখিবনা উবা য়াদবা পোৎশক্তো খুমজিনখ্রে। শাংলবা ঙকশমদো ফুরিৎতুনা নঙল তংখাই অনা কোৎথোক্কুনা লিৎপদি মতমগী হেরো ওইনীংদবা অভাঙবনি। মচিন্বান অদুসু ঙাংশং ঙাঙলদনা মীৎ নাহানা অমুক অনিরক থক-থক খৎপত্রদি কনাগুম্বা অমত্তনা ফৎ শমদুনা মাঙদা খোঙশানবা ঙমলোই। মীৎচিগী থাঙনা থবৎ ককখিদুনা নঙগী থম্মোইদুসু মকক মকক লৈমায়থক্তা কেনখিগনি।

তেলরিনগী শারী চোঙা মরুম মচুদগী থর রাউথোকপা, ফুগায়না শাংকায়রবা থম্বাশন। শংলৈননা অমুবগা লোয়ননা-লৈরোং চাউন-চাউনা য়েকপা, অদুমা শেৎচিল্লগা মিংশেলদা নাক ম্নেৎ মুন্না ম্নেংলদুনা লৈরি। অমুকসু হাইকেৎ খোইরুম মোমোন নোকই।

ইথা থারবা, ঙৌরবা মবুক্তো উরুবদা করম্বা পাথংনা ঙাওরোইদগে; কোংনা য়েংবা ইকায়রবসু লোম্না য়েংদবা অত ঙবনি।

রোমচন্দ্রসু ঙসাই মখৈ লোম্না য়েংড়ুনা লৈরম্বদগী তুমিন্না খুনিং কাঙনা চঙলকপদো মিংশেলদা মমি তাবনিনা মেমোলিনা কৎ ওম্বোরক্তুনা নোকফেৎ তৌনা মরেংজুম তাপ পায়ড়ুনা

"হুরানবা কারে"

অসি রাদি হায়ড়ুনা মথোয় অনি কমুংলোমদা চঙশক্তুনা মথোঙ য়াম্বুড়ুনা কম্পিন্নৈ। কাঙখল অদুসু অঙৌবদা লৈরোং মচা মচা ঙৌনা চক্তুনা শেপ্পনি। মমায় অদুসু লাওনা হাংদোক্তুনা লৈ। মোম্পাক ফিদক অদুসু কাংথোল মথোঙ ভংখাই য়ৌনা থম্বুড়ুনা কুপখি। কাংথোলদো লৈরোং হত্তুনা শেমখিবনা ঙাঙলৈননা তাবদো উরগা মমাঙৈগী অহল লমনশিংগী কমুং নৌংশিংলকই। মোম্পাক ফিদক অঙৌবদা মচু তানা ঙৌখিবনা মশা য়াম্না নাল্লি হায়বা অদুমক তাকই। মতাংড়ুদা মেমোলিনা অমুক হায়রকই।

"রোম, নংনে ঐনা হায়রিবসে ইনবীয়, ঐগা শঙ্গ ওইবদা নঙগী মায় খুবতা নত্তুনা অহল লমনগী মায় কাওবা মায়থীরকনি।"

"রাহৈ অদু অমুক হন্না ঐগী নাকোংদা তাহল্লগনু। মহু ঐবু মুংশিবগী খুদম মান্দে।

"নত্তে মত্তে রোম, রাখল অদু য়াম্না থীনা লাকে, ঐনা হায়জবদি............।"

"করি।"

"ঐদি ওক্কবীনি'।

"অদু ওইরবস্তু মেমোলি নঙবু ঐনা খঙনা খঙনা সুংশিরুরে। নংগী মৈচাক অসি মূৎননবা অমদি নংগী রাহৈ অদুগী মগুণ ঙাক্লনবা ঐবু কোক থুগাইদুনা হাত্তোকলো?

"মদুস্তু...... ...... ......।"

"অদু নল্লগন' ঐগী পুন্সিনা লৈরিবমখৈ, নংগী সুঙাইরোইদবা থবক অমত্তা তৌনীংদে। মরমদি থম্মোইনা খোইদারুবা শেংলবা সুংশিবনি। ঐনা নংগী নকাদা চঙলকপদা অবাবা ওইরবদি হু চাদুনা সংসারগী রাংমদা ঙসিমক চৎগ্রগে। মদুতনা নঙ ঐগী নীংবা থুংগনি।"

রাহৈ অসি তাবদা মেমোলি হীরা হীরা কপ্পুনা মীৎলুদগী শিন্থরকপা পিরাংনা খজাই তম্না মরি-মরি, 'ঐ লাল্লে রোম, ঐবু থাদোকপীগণুকো" হায়দুনা চেৎনা কোনশিল্লি। রোমচন্দ্রস্তু চেৎনা কোনশিন্দুনা মায়খোংদুনা মায়খোংদুদা তক্রুরি। শাবী শানৌ অনিগী থিংঙমদ্রবা প্রেমগী মৈরীনা কাম কৌবী লাইরেম্বীগা মরুপ শান্নখিবদগী শিংঙমদ্রবা প্রেমগী মৈরীনা মৈরা ফম্না চাকশিল্লক্লুনা মহা ওইবগী শক্তিবু ফাক্লিনবা ঙমহৌদবদগী মরেক মহাও চুম্না ঙাল্লিবা এলেকত্রিকী লাইটস্তু থংমম মমশিনখিবা কাদুগী দৃশ্যদো নিদ্রা দেবীনা শুমহুনা থমলিবা লৌরাং, শুরুবদা চোকথরবা লোমীনা সুঙাইনা তুমথুন হুনবগুম থোকহল্লি।

  

ঐগী ইচা নুপা রোমচন্দ্র অসি হন্দক্তি এমঃ এঃ পাস ভৌরবনিনা নুঙাইবগী ঙমশে লৈত্রেব্দকো। ইচানি হায়ডুনা মীয়াম মাঙদা লেম্নজবদা ইমায় অসি চোপলরোইদবনিকো। মীনা ঙাঙনবা অদুমদি নাকোং অসিনা ময়েক শেংনা তারগনি। "মন্ত্রিগী মচা অতোনবত্রদি এমঃ এঃ নি।"

ইচাগীদমক্তনি হায়ডুনা ঐ মফম-মকম খুদিংদা লুংেং খোংদোংননবগী মী থাডুনা মতিক চাবা........খিবা হোৎনরিবনি। ঐনগা মন্ত্রি ওইরেদো মচা নুপী থাজগে হায়ডুনা নাকোং শীংজা য়ৈরিবনি অদুবু ঐনা কয়া থাইদাদবা ওইখিবনা তুমিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈরিবনি। কনাগুম্বা মীওইশি দি থওইনা মখোঙ থাংনা লাক্তুনা করম তৌসিগে হায়ডনা মচা নুপীগী পাওগা পুরক্লিব-জাৎনি। মদুসু ঐনা "মথংগী থাদা মরোল খঙহল্লকে হায়ডুনা থাদোকখ্রিবনি!

থাঙৈমক শেংনা ইচা নুপী থাজগে, বীঃ এঃ নি, এমঃ এঃ নি হায়ডুনা নোংমদা লাকপা মীওইশিংদি মশীং থীঙমদ্রবা জাৎনি। হয়িং খোংয়ানবীনা নাকোংদা ঙুংঙুং ঙংবদু মঙাং। অমুম্না মতোয়না তৌশিল্লক্রবা অসিদদি ঐসু করপনন পায়কলে। ইমৌ ওইননবগীদমক্তা মপা ওইবা কয়াদগী লুপা লিশিং মঙা মঙা লৌডুনা লৈরি। অহিং নুংথিল নাইদনা করম তৌশিগে হায়ডুনা কোইন ইন্নরি। কনাগুম্বা নিঙোল ওইবাশিংগী মপাদি খূরুম্বগা, কপ্লগা; লাউবগা "লুপা লিশিং অনি অসিনা লোইবীদুনা ইচা নুপী অসিনমৌ ওইনা লৌশিনবীয়ু" গকা হায়রিপোৎনি।

কনাগুম্বা খরনা "নুপা শিগং ভরা অচুবী কয়ানো হাপ্পু হায়বমখৈ হাপচখিগে, নুংহাংবগী নুমিৎ অমত্তং লেপথোক-পীয়ু" অসিনচিংবা হায়রকপনু কোঙ্গায়নি।

ঐনা চাউথোকপগী রাগকা নত্তে, থাগৈপক শেংনমকনু ঐগী ইচাসে মশক মতৌবনু মণিপুরগী মায়কৈ ভরা শীনবা থুংনা মমিং চংলিবনি। মমান্নবগা চাংদম্নবদা মানদা মকোক থোংহুনা লাক্লিবনি। লাইরিক লাইশংগী চিংনা শান্ন-খোংনবদা ভারতকী অসৌ অশাংশিংনসু মশক খডলিবনি। ইউনিভর্সিটিনসু হিরম খুদিংমক্তা ফবগীদমক্তা ওইনা গোল্ড মেডল পারিবনি।

ঐগী ইচাসে ঈংই, তপই, ভহা ভংগদে। খবক তৌবদা মচু তাই। রাখল রাংনা খনবা ডম্মী। তৌবামন খডই। মীগী নুডাইরোইদরা থবক খক তোদে অচুম ওইনমক ঐগদি হৌদোংগা উচিগা নৈমিন্নবদো মডাই। হৌখিবা ময়াম্বশিংগী-দমক্তদি ঐ থোইদোক্লা রাদে অচুবু মাগীদমক্তদি ঐ ডাইহাক্তা নে তানা ফমহুনা নৈথোকপা ডমক্তদে। হে ঈশ্বর করি থোক্লগবা।

অসি হায়নদি খন্দুনা ঐ অচুম ইচাগী পোইরৈ য়েংহুনা নৈরি। নৈনা নৈনা ঐ অচুম য়েংলি "কদাই কদাইদা মতিক চাবা ইমৌ নৈবগে" হায়না।

অচুবু য়াম্না নুডাইবদি শগোলবন্দ ভেরা কৈথেল ময়াদা শ্রীডাংবম শেলুং সিংহগী মচা নুপী ভক্ষাতোন হায়না কৌবা সিমদি ইমৌ ওইনা খোইদারুরে। ঐনদি পামজরেদি হায়বর ইচা রোমচন্দ্রগী মরাহৃদি তাদ্রি। হয়েং করিগুম্বা ঐনদি পামজরু

ইচানদি থৈবোক্তুরা চৎখি, তোয়বদি কনাগী ওইরোবা। ঐগী ওইরৌবদা তাই, মন্থ ওইহনবদি ঐগী তালোই নিপাক্তি তপ্পবা। হন্দা মন্থন্থ অঙাওবা য়ানি। মপা ওইবনা মচাগী য়াইকনবা শীন্নবদা য়াদবা হৌনদেদা।

করিগীন্থ য়ায়োই, ঐগীন্থ ইচা অতোনবা, ইথৌত্থন্থ তন্ধা-তোন, শাগৈজাত্তা হায়রা নিংথৌগী থারানি, মশকন্থ লৈরিবা ইমৌ ময়াম অসিদগী পুমহেন হেনবা তোমথৌগ্নি। ইনাক-কৈয়াক খুনবদা হায়রা ঐগা চাংদম্নবদা করিমত্তা নোপলোই।

মতম খর লৈয়গা মী থাদ্রুনা ইমৌ ওইগে হায়করুবদন্থ হয়াও হয়াও কৎথোয়ক্লে। কৎখোককমন্থ থোকপনিদা ঐন্থ মণিপুরগী চাউরবা, অকাওবা মিনিষ্টরনি। ঐবু লোয়ননীং-ঙবদি হৌজিকী সমাজ অসিদা অত্তাওবনি। হে সত্য মুংঙাই-রেদকো, ঐনা মিনিষ্টর ওইরকপনিদি মীপুম খুদিংনা তাইবুঙতো হায়বদগী হেন্দেদকো। থাজৈমক শেংবদি ঐসে শাগৈ জাৎ থায়দোক্লা কবদি নত্তেকো অদুবু মিনিষ্টর ওইখিবদগীদি শাগৈ জাৎকান্থ স্বর্গমুক য়াংগ্রে। অসি ওইরেকো মিনিষ্টর ওইরকপগী মুংঙাইবা।

মণিপুর সমাজনা পায়রিবা লুপা কয়া কয়া অসি ঐগী শেজাওদা থম্বগুন্মী। করিগুম্বা ঐনা খোমজিনগে হায়না থনবা মুমিত্তা ইনীংনি মরমদি ঐগীদা লোইনা তুংলয়গনি।

মণিপুরদা লৈরিবা ওক্তবা ওক্তবীদগী চিংনা হুয়ানবা মাকু কয়া কয়াসে ঐগী খুৎলায়নি। ঐগী খুদোনবী মত্তোপ্পা উরু-রু

লৈদুনা পুন্নীংবা মকমদা পুবা য়াই। থাজৈমক শেংবা ঐসে মখিনি। থবক থৌরমদগী চিংনা চাউর-চাউরবা চুকান কেন্দ্রী কয়া ঐগীনি হায়বদা অকায়বা অমত্তা লৈরোই।

ঐদা ফংলিবা মান-চাং সনা লুপা কয়া অসিবু প্রজাদগী ঈ চুপ্পুনা লৌবা ভারগন্দ্রনে? তারোইদা। ভোট মতমদা ঐনা রাখিবা খুৎয়া অমদি চণ্ডখিবা মতম, অচিং কয়া তুমখিদবা, অদুদগী নত্তনা লুপা মশীং নাইদনা তিংখিবা অদুগী মখলনি। ঈ চুপ্পা ওইনা থোক্লোই।

ভোট ময়াদা প্রজাশিংনা ঐত্তোন্দগী ঈ থকখিদুনা ঐগী হকচাংসে কংত্রিক কংলুরবনি। তাইবঙ মীওইবগী মপোক্তা হকচাং হায়বসিনা মরুনি। ব্রহ্মামক্লা কংঙমদ্রবা মপোক অসিবু অদুক হক্লা রাখিবগী লমন ওইনা ঐনা অমুক প্রজাগী ঈ চুপ্পঙম লুপা থোমগৎপদা কয়িস্থ অকায়বা ওইরোইনা।

ভোট ময়াদা ঐ মীপুম খুদিংমক্তা হয়া হয়া খুরু-খুদক লৈত্তানা খুরুমখিবদো ওসিদি প্রজানা ঐত্তোন্দা অমুক হয়া খুরুমরেদনা। মীওইবা হায়বা অসি খুলং-লমন্দনি। থাজৈমক শেংবা ঐনা তৌয়িবসে করিমত্তা কায়দে। ঐ মিনিষ্টরনি, মিনিষ্টরনা তৌবা থবকপু ঈ চুপ্পনি হায়রিবসে মথৌ শুন্নীংঙাই লৈত্তবা কাওবুশিংনি। ঐনা থবক অমগী লুপা কয়া চাজরবসু থবক অদুবুদি মাম পাকহল্লিদনা। অমরোমদা খল্লুরবসু থবক অদুমা তৌদুনা পাঙথোক্লনবা হোৎনবদা মতম কয়ামুক চণ্ডই। ক্রিদা থবক অদু তৌরুরবসু চাদবদি য়াদেদো।

রাখল অসি খন্দুনা ঐগী অরাবা পুম্নমক ক্যোক্লে। অম-রোমদা মুণ্ডাইবা অমা মশা খপুনা অমুক পাইশিল্লক্লে। ইন্দো ফজবা অমা কংলগনি খনবদা ঐ অহিং অচুমা অচুম তুম্বা য়াদ্রে। নোংঙাল্লে, লুহোংবগী মুমিৎ লেপলে। হন্দক্তি লুপা য়াম্না চঙনা হোৎনজরিপোৎনি। গাড়ীস্তু ডজন চাম্মদগী তাবা য়াদে, মুমিৎ-সঙাবি চঙনা চাক খাঙলিবনি। লম্বীদস্তু পৈশা চাইবা হৌরবনি। হয়েং লুহোংবা হল্লকপদা তোংননবা শামুস্তু থৌরাং ত্তৌদ্রনা লৈরবনি। হন্দকী লুহোংবা অসি মহা অঙকপা কুম্মে হায়বচ্চু ঙইদৌরি-পোৎনি। অচুবু অরাবদি রোমচন্দ্রনবু মশানা ইন্না য়াত্রিবসিনে।

* * *

ঙসিস্তু রোমচন্দ্র তাজ হোটেলগী মথক ইথং থংবা কাদা মেমোগা অরা মুঙাই পাঙদম্নদুনা য়ারী কয়া শান্নি। পোম্বীগুম চীল্লোক্না চেক্লাগুম চিনদিন্নুনা শক শক য়েংনদুনা তুংগী অমদি মাঙগী অরাবা কয়াবু কাউরি।

মখোয় অনি য়েংন-য়েংনরগা ইথঙ খঙহৌদনা মীৎলুগী পিরাংস্তু মালেম লৈদা খজাইদগী তপ তপ তাম্নি। হিক্লবা খোজেন্ন-না মেমোনা রোমগী মরেংজুমদা মখুৎ অনিনা শায়রগা মথবাক্তা মমান্ননা শ্রু শ্রু নৈদুনা মথা তারকই।

"রোম নংদি লুহোংগদবা কুইত্রবনি অদুবু খঙন-খঙন নংবু মুংশিন্নিবসে, নংস্তু ঐবু মুংশিত্রা"?

"মেমো ঐস্নবে মতু খঙন খঙন নংবু অচুক হক্লা মুংশিরিবসে, ঐগী খম্মোই মুংশি মৈচাক্না শাওদুনা তৌরিবনিন্সে, অমুকস্তু নংবু

য়েংলগা মীৎনুগী পিক্লং পিস্থকক্লিবা অসিনা নংগীদমক ৱারবা থম্মোইনা তৌবীমন্না কোংদোক্লিবনিনে"।

"অচুদি য়োম, করিগুম্বদা নংনা লুহোংখিবা থোক্লবস্থু ঐবুদি কুরম্বা কিবমদা থম্বীগনি? হোটেল অসিদা ওক্কবী ওইনা অচুম নৈহনগদ্রা নত্রগা অতোনবী ওইনা লৌশিনবীগদ্রা"?

"নত্তে মেমো ৱাহৈ অচু অৱানবনি, ঐনা নংবু পুন্সিসিমগী থাদোক্রোই। নংদি ঐগী থৱাইনি, থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংনা সংসারসিদা কয়াম কুইনা নৈবা ঙমগনি। নং হায়বু, ঐখোয় অনি লুহোংলবা নত্রা? লুহোংলবা ঐদি অতোপ্পা অমগা অমুক লুহোংচনা ঐগী ধর্ম্ম নৈখা তাহল্লোই। নুপী ওইবীশিংগী মান ইজ্জৎ ঙাকনি। ঐ অমুক হন্না লুহোংলরোইদে মেমো"।

ৱাহৈ অসি হায়রগা রোমচন্দ্র খোঙ্কেল হৌনা হিক হিক কপথোরক্লে। মেমোস্থু শুৎ-শুৎ মপি তৈথোক্কুনা অমুক হেন্না চেৎনা কোনশিন্দুনা কমু‌ংলোমদা তপ্না তপ্না মাইওন পাংথরে। ইখও থওহৌদনা কায়ো পুম্নম মমথরে।

Love is Blind
Love is poison



## অহুমশুবা মতাং

ঐগী ইচা মুপা রোমচন্দ্র অসিবু ঐগী মায়রোকপা থবক তৌহনা ওসি কাওবা লাক্লি। ঐনা হায়বা রা খুদিংমক মনাদা শুংহাপমক হাপত্রিবসিবু ইচা অশেংবা নত্রবরনে? মসিবু হৌজিকী সমাজনস্থু অগুাওবা হায়না কৌনবসি ইনা অসিনা ভশেং ভশেংনা তারবনি। মানা গুাওলি-শক্লিবা রাকম কয়াসে অহানবদদি পওতা তাদূনা নৈবা ওয়ম্মী অদুবু হৌজিক্তি তাবদা য়াম্না রারেদা। তীং শোকপা বাহৈনা থম্মোই অসি মথক মথা ওন্দুনা গ্রুং-গ্রুং নৈথাইররি। মসিবু গুাওরত্রা হায়বস্থু গুাওদা, গুাওদবরা হায়বস্থু গুাও, কৈশুম্না মী চায়রুদি করম তৌগবা, নত্রগা জেলদবু থমত্র-লিয়নে? জেলদা থম্নবদি মশাগী রাখল কয়াসে থরস্থু নেমখিবা য়াই। মানা কা পংহেন হেনবদি রারোইনা, করবস্থু কত্রবস্থু ঐ মিনিষ্টরনি। ঐনা তৌগে হায়বদা ওমদবা থর তাওনা থোকনি। ঐনা পাউতাক কয়ানা অমুক য়েংবা হায়বদো তারেদনা।

রাখল অসি থন্দুনা ঐ ওসিগী অহিংস্থু অদুম লেপ্লে। মীওইবা হায়বা অসি রাখলগী পল্লেপকম অমা মচা নাইনা থন্দুনা লোইশিন্দ্রবদি অহিং অথেওবা কয়া ওইহুনস্থু নিত্রানকা হাইজিন্নকপা ওমপোৎ নত্তে। মোল্লবা মোন্দুম মোন্তেকী মোম্পাক্তু ভিংথং মথক্তা য়াওন-য়াভাবশুম থোকনি।

হয়েংনি, রোমচন্দ্রগী লুহোংবা, ঐস্থু অতোন অতাংনি থন্দুনা ময়াবশিংগীদা চণ্ডখিবা লুপাদগী শরুক মরি হেনগৎনা থৌয়াং

তৌরিবনি। কৈরোই-লৈকাইমচংবা মণিপুর লমাকদা ঐগী ইচাগী লুহোংবা খুদিংগী কুইম ওইনা হয়াওদবা য়াওদে। কনাগুম্বা লৈ-শিংবা চলাক লৈবা মীওইশিংদি য়ুম অমা শাবা ওয়ুবা নুপা লৌবৌদুনা হৌদোক্লবসু অয়ামবনি, অদুবু অসুকদি নুপা চঙনা হোৎনজরগা ঐগী ইচানিপানা শুকয়া য়াম্লিবসিনি।

নহানমথৈদি রোমচন্দ্রসে অবাবগী শক্লোনদমক লৌদুনা লৈরক্লি। ঐনা হায়বসু হন্দক মরক্তি হোয়-মাই হায়দনা তুং মা পঙলৈ মরেথ্রে। ওসি অসিমকসু ঐনা মাগী মাইথোঙ উবদা ইমক মকশিন্না বা-য়ান মচেৎ অমত্তা তাঙদবমথৈ লৈবদো থোঙ-নাও অহোবদা করম তৌবগে হায়দুনা মুন্না য়েংলম্বদগী কায়কেৎ নোকখিবা অদুমথক উবদা, থম্মোয়সে থাজনা লৈচিন্নকুগী থোরক্কুনা মঙাল মপুং ফানা তাইবঙদা য়েনবগুম্না সুংঙইবগী মথক তোয়না তোয়না হৌরকই। মতাংদুদা ঐবু তোয়না কৌরকপদগী মাগী কাদুদা পরপ-পরপ চঙলুদুনা করিনো হংবদা "নুপী অদু মশক অমুক্তা য়েংগে" হায়না হায়রকপদগী ঐসু কোন তৌদুনা "ইচা নুপা রোমচন্দ্র লাকনি' হায়দুনা শেলুংবদ পাও পীথ্রে।

রোমচন্দ্র পাও অদুগী মতুং ইন্না শেলুংবগী মমুমদা থুংলদুনা তন্ফাতোম্বীগা অচৌকপা কা অমদা য়ারী শানি। য়ারী শানা শানা মীৎলুদগী পিয়াং খজাই তয়া মরি মরি চেম্থরকই। থুদক্তুনা মহাক্না চিঠি অমা তন্ফাতোম্বীদা পীদুনা কাকংোক-লগা হায়কেৎ মকোক্তু পাবা হৌরকপদা ছুরী অমা থঙ-হৌদনা লৌথোরক্তনা থূম্না লেংখিবদা তন্ফা তোম্বীদো ঈথেং

রা লাউনা হাৎরক্লা লৈমাইথক্তা পুন্সিগী অয়োইবা খোঙচক্তা যাতাখে। মতমদো সুংগিল পুং অহুম য়েথিবদা মতায়রি। য়োমচন্দ্রস্তু মকমতুদগী মাঙখিবা খঙলৌত্রে।

অসুম তৌদুনা সুপী ময়ুমলোমগী মীশিংগা য়ৌ য়ৌ তৌদুনা থুংলয়বদা জ্ঞান তাত্রবতুগী মরক্তা ঐপু জ্ঞান তাওহুনা অদুম রাম্বরে।

রা কুপ্না খয়রবা তুংদা ঐগী রা অমা মখোয়না ককথৎপা ঙমদ্রে মরমদি ঐ মন্ত্রিনি থুনমক জেলদা পীদবা য়াদ্রে খন্দুনা রারেপ লৌরবা মতুংদা ডাইহাক স্বয় হোম্বা ঙমজ্জে। ঐনা পুলিসতা কোন তৌদুনা মকম খুদিংদা রোমচন্দ্রবু থিননবা য়াথং পীখ্রবনি। য়ুমদস্তু পুলিস ওয়ামুক্তা ইন্সপেক্টর অদুমগা রা খয়দুনা থৌয়াং তৌদুনা লৈরি। অহিং নোংয়াই চবুক য়ৌশিল্লক্লে অপু ফাওবদা রোমচন্দ্র লাকত্রি। নেংয়াই মতুং পুং অহুম য়ৌশিল্লক্লবা মতমদদি খোঙ দং-দং য়ৈহুনা, ক্রিং ক্রিং হায়বা বেলতুগা লোয়ননা মী লাক্লে হায়বগী খুদম পীরকপদো ঐনা চঙশিন্দুনা হংলুবদদি ঐগী ইচা রোমচন্দ্রনা সুপী অমগা লোয়ননা চঙলকপদো উরুরে। সুপী মচাদুনপু মকোক্তা খুম্নহুনা ঐবু নোম্বতুনা খুরুম্বদো ঐনা ফৎ লৈখোকই। রা শুকঙাঙ তাঙদে, সুপীমচাদো ঐনপু অতুগা পুলিস ময়াম অতুনস্তু মশক মুন্না খঙলবা তাঙ হোটেলদা লৈবা ওঙবী মেমোলিনি। খুদক্তদা রোমচন্দ্রবু মখুৎ অনি য়োহ্লিংনা পুন্দুনা য়ুমতুদগী পুলিস থরনা পুখোকখে। করিঙম্বা রা অমত্তা তাওবা ঙমহোদে।

মেমোলি পিরাং মরি মরি শিন্থদুনা তামগে তৌবদা পুলিস মরাম অদুনা ফাজিনখিবদগী মুমা য়েংহৌবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। পুলিস ইন্সপেক্টর অতুগা ঐগা বা খরা খরা পোয়া তারবা মতুংদা কলিকতা সহরদা মেমোলি যুমতুদগী পুপোকপ্রে। মুমিৎ অত্তু ঐ তুম্বা শুকরামক যাত্রদুনা রাখলদা লাই লৌদুনা অত্তমক লেপ্লে। অদুবু অমরোমদা ঐ মিনিষ্টরনি বারুনিঙাই করিমত্তা লৈত্তে। অরাবদি লুহোংবা কায়দুনা হেক পোকচবা ইচা মুপা অতোনবদু জেলদা.... হেয়া! জেল মনুং ওইরবসু নিংথৌগী কোম্মুং-দগী হেয়া মুত্তাইনা লৈতপ্রনবা শীনবত্তু মঙাযদনা।

লাইরৈবাক্তা লৈগী দোলাই তোংদুনা চংথ্রবী হমো মুপী তম্ফাতোনদো পাম্মুইদা। অদুবু পুম্নমক হোৎনে। রাকদুনা কাম্ররোই। ইচা মুপা রোমচন্দ্রনা মরুনি। মাগী অঙাওবা রাখলদুত্তা ফাযবা মতুংদা তম্ফাতোম্বীগুম্বী মুপী অমা হেক য়েংলগা লোইরেদনা। রাখল অসিনা লমজিংখিবদগী ঐ তাইহাক পোথাক্ষবা কংলদুনা কয়ুং চঙলে।

পুলিস অনিগা, ইন্সপেক্টর অহৃগনা মেমোলিবু কলিকতাদা থাদোক্লমদুনা লোয়া চেপ্লক্লে। পৈশাসু মরি ফাওবা পীরমদবনি।

মত্তোমতা কলিকতা সহরদা চাদ্ থত্তনা মেমোলিনা লেপ্লক-পদো নোংম-নোংমগী মশা শোকচিন্নকপনা অঙাওবীগুমখে। মীৎলুদগী পিরাং কংদনা শোন্নি মচিন্দা রোমচন্দ্রতবু। নীংশিং-নীংশিংনা রোমচন্দ্রবু, পুলিসো হিংনবগীদমক্তা হারগী শিবকম ওক্কবীদো চথবা পুম্না হৌরক্লে।

ও : অঙকপগী মশক্লিদো। মেমোলিনা ওকবা অমা ওইরম্লবস্থ মপুং ফানা জগৎপু লুচিংবী অমা ওইরকে মখোয় চোংজয়কপনি অদুবু লমজিংবীনবা য়াওথিবনা লখী লাম্না অমুক চৎখ্রে দো !



ঐ ইখঙ খঙগৌদনা সুংঙাইতবা শাওনীংবা অমনা হকচাং লমি চাইবাক্তা নৈতাকম খঙদনা থুকৎখে। হায়রিবা অশাওবা অসিগী হৌরককমথি ইচা রোমচন্দ্রনা ভক্ষাতোম্বী থাওনা খিন্দুনা হাৎত্রিডৈদা পীরম্বা চিঠি অদুনি। চিঠি অদু থোইনম্থ শাংদে ঐবু পন্দুনখ্র ইরম্মী। মতুমা তৌজিন্বী সমাজনা ঐনা তৌরিবা থবক থৌরম কয়াসিগী মায়োক্তা ইবগুমস্থ তৌই। চিঠিগী অরোনদি মখাগী অসিমখি।

থবাইদগী হেন্না খুংশিন্নবী ঐগী ইচল শক্রবী ভক্ষাতোন নহাক ঐগী বাকম থরসিনা শাওগন্নুকো ময়মথি কৌজিন্বী সমাজনা মণিপুরী চমুরা কয়াবু লূকমাইদা চাপ্তুনা মোমনগুম লুপাওনা মমল ভীক্রুদুনা মথোয়গী ইজত নৈখা ভানা মাঙ্গনখদো ঐদি পামদে অমদি সুপী ওইবগী হাংলবা থাক অদু ঐনা ভাক্সা চৎপা পাম্মী। অমরোমদা ঐদি য়ুম পারবা থিপর্গনি, থুগী নৈন নৈনা অত্তোম্না সুপী অমা হেংলুবদো, ঐগী থুপীমা মশাগী ইজৎ ভাক্লগীদবক্তা কোর্টতা দাকী তৌরবদি মরবথি মস্থু ফাম্না বাংলবা পাক্ষী রাইটড় নৈ। ঐ খনকখৈ খক্তে অদুবু ঐগী মরু ওইবা য়েরবদি ঐহাক্তী হেক পাবুং মিনিষ্টরসিদি। মথোখক্তা চপ্ ওইবা

পাল্লিবা সমাজ-শিংবু নৈখা তানা মর্মথকুমা অতোপ্পা সমাজ অমা, পুরকে অমদি চপুরা ওইবীশিংগী রাংলবা থাক অদু মণিপুর সমাজদা অদুকী মতিক রাংই লাম্বসে থওয়ম্নবগী থক্তা নঙবু থাঙগী পাম্নেনা স্বর্গগী লম্বীদা লম্বী তাকলিবসে ঐ মীনাইথনা নঙ্গেকো।

তাং ১। ৩ — সহি

মতম ঃ—নুংথিল পুং ৩ — রোমচন্দ্র

চিঠি অসি পাকবদগী ঐ থাউবম নত্তুবা, হরাওবম নত্তুবা অমথক থম্মোয়দা ঈহৌনবা ঈনা কৃতিপ্রকই। হয়া-হয়া পারি, পার-পারগা রাথল অসি অসুম অসুম নৌথোকলকই। অম-রোমদা তক্ষাতোন, অমরোমদা মমা মপা ওইবগী লমন শিংমীংবগী মওং, মমা ওইবীগী তেংথাথোল, অতোপ্পা অমরোম লম্না ঐগী কেক ঐ মতুপ্পা শাগ্রবা ইচা মুপা রোমচন্দ্র, অহগা মেম্মালিনা কালিকটা সহরদা করম থাউলমগদবা, ঐ থনকম থঙলরে, মাথা অসি ওন্তোকা শারেলকো। ঐনা তৌবিবা অসিবু কল্লিনো? ঈশ্বরদি লোইনা উবয়গনিকো। ঐসিবু মিনিষ্টরগী মঙল চেনবা মীশক অম-রনে। রাথল অসি থন্দুনা ঐ থরমথৈ নী ওমকনা অদুম থরেরি। নোংম নোংমা হৌথিহুনা চহিস্ত কয়া থাম্লিরক্রে। হন্দকদি ঐন মিনিষ্টর কম শাবরকপসি থোউকম অনিরক হায়গরক্লগনি। নহানমুকী চহি মঙাডুবি হকচাসে থোই-লোকা লুহন ওইশিনে। হন্দকমুকী এহি মঙাসিমদি ঐগী কিবমন্ত

য়েংবা য়াম্রবনি। ঐগী মিনিষ্টরগী কম লোইগদবস্ত্র চহি অহুম-থক্তা তাররবনি। করিনো ঐনা চহি তরেৎথক মিনিষ্টর ওই-রকপসিদা ভোরিবা মক্তৌসিবো। মতুংদি লেপ্লরোই মথৎদি অড়বু ইলেক্সন ময়া ওইরগা হেক্তা লেপনৌংই। অদুবু হন্দক-মুক্তি লেপ্লরোই। অসুম্না থন্দূনা নীংঙমদবগী ঈপাক্তা তাইহাক তাউদ্রুনা লৈরি।

   

কলিকটা সহরদা ওক্লবী অমদি জগোই শাবী অমা ওইনা মেমোলি সুন্তাইবা ঈরাংদা তাউরি। মহাক্না অহাঙবা মতম তাইহাক ফংলকপদদি রোমচন্দ্রগীদমক্তা মীৎলুদা শিরাং শিন্থু-রিবনি, চহি তরুকলোম রোমচন্দ্রগী পাও অমত্তা মেমোলিনা কংখত্রে।

হৌজিক্কি মেমোলিদো স্না লুপা, লাখপতি কয়াগী মবেম্মা ওইত্রে অরাৎপা অমত্তা লৈংদ্রে, চানিং-শেৎনিংবতা থুৎশি ভোদ্রুনা কলিকটা সহরদা অসোকা হোটেল হায়না কৌবা অমা লিংখত্তুনা য়াইকনা পানখে। হোটেল অসিদা মথল মথলগী নেকেৎ পিকচর কয়া অহিংদা উবীগনি। অদোম্না অপাম্বা গর্লস কেন্দিদেৎ অদুম ফংবীগনি অপাম্বতা তাকপীয়ু "ইংলিস লেদি পাম্বীত্রা? অমেরি-কান পাম্বীত্রা, জাপনিজ নত্রগা চাইনিজ পাম্বীত্রা? সুমিৎ কয়ানি লৈবীগদৌরিববো? মেমোলিগী য়াইহেনি অদুবু য়াম্না অরাবদি মেমোলিসে হোটেল অদুমা মপুং ফানা ওইরকবা হোৎনবদা

ওক্তরীগী শিনফমগুনা লুপা কয়া তানশিল্লকপনি অতুনা মশাসে টিঃ বীঃ রায়না পক্নুনা নোংম-নোংমগী ফিবম কৎলকত্রবনি মণিপুরদগী মোংকম ওইজরুগে থন্দুনা মেমোলিদো সনা-লুপা চল্লবমখৈ পুত্থনা, হোটেল অতুমক্তু য়োম্থোক্লম্লগা মণিপূরদা মায়ওন পাংলক্লে।

সুমিৎ হুংনিগী খোঙচৎ লোইরগুনা ডিমাপুর য়ৌরক্লে। নোংমা অহিং লেল্লবা তুংদা অমুক ডিমাপুর থাদোক্লমগুনা মণিপুর মায়কৈ তম্না বস তাংগুনা খোঙশাল্লক্লে। পুং ৭.৩০ দা ইম্ফাল সহর থুংলরে। মরৈকাই কংলবদা মেমোলি হায়নিংঙাই নৈত-বমখৈ সুংঙাইতবা অমথক থম্মোইদা ঈপোম। নাইনা হৌরকই অতুবু হেক থম্থরুবদা অরাবগী শক্লোন পুরবা মায়থোংগুম ইমক মকশিল্লি। কুলি অমন পোৎ পুরগুনা তাজ হোটেলগী বোর্ডিংদা থুংলতুনা অহিং অতুমা য়ানা অতুম লেলে।

মেমোলি হকচাং লেঙ-খোত্তুনা চৎপা, য়াম্না শাথীনা য়ায়তুনা অয়ুক্কী পুং নিপান কাওবা হৌগৎপা ঙমখিদরে। মীৎলুগী পিনা পুমথুম থুম্না নাপোম অনিদো ইচোৎ চোৎলি। হোটেলগী মেনেজর অতুগা য়াম্না কুইনা য়ারী শাহনা নৈবকপনা পুং ১০ তাশিনখ্রে। রাবীতুদগী য়োমচন্দ্র ইম্ফাল জেলদা অতুম নৈত্রি হায়বসে মেমোলিনা খঙলে। অতবু য়ম্না শাথীনা অয়াবদি মেমোলি কমুংতুদগী হৌগৎপা ঙমদরে। মীকুপ খুদিংগী লোক খুবি। লোক্কা ঈ মতুম মতুম যাম্না যাওরকই। মশাম্থু থুবীমুক্কা চাউশিনগ্রবনি।

কলিকাতা শহরদা ঐবু হন্নোকপীরবা মুখিংতগী অচুম্ব লৈরক্রি। অদুবু অরাবনি মথৌরমনা ঐখোয়গা ঙৈশা নরি কাওবা পীরমদ্রে। সুবিৎ কখানি চৌ। হৌরবা হকচাং ওইখিবনা নতগী থাবল থমলবির পুলি লোমখিবৌরবনি। নতগী থাবল কুইনা থম্দুনা লৈবা উমনবগী নমতা। শিদনবা উপায় থিরকপদা ঐগী মহৌশাগী শিনথংবা অপো লৌয়না মুতাইনা লেংখি। অদুবু অরাবনি ঐ টি: বী: লায়না পক্কনা হৈনাংতা মী কাওবা চংদবমখৈ লম্ফেল টি: বী: হোসপীতালদা হৌজিকসম লায়েংদুনা লৈরি। কলি-কাতাদগী নুংবু অমুক্তং হুমরমগে থম্দুনা মণিপুর থোরকপনি, অদুবু ঐগী লায়না অসিনা সংসার অসিদা কুইনা হিংখিদ্রি হায়বা ঐ থাজদ্রে। মতাংসিদা অহুম লোইশিনরগে হায়রোগনু। মতুংদা…… ……।

তাং ৫।৩।

মকম—লম্ফেল

নহাক্কী ওক্কবী

মেমোলি দেবী

মেমোলিনা অইবা চিঠি অসি পুথক্লিদুনা অনাবা হংবা মনক্রিবা মেনেংজনবগুক্কা লোইরমখিখিনবা লেপ্তকা পুক্মেন্না পাওখের্ন-জরুবা পীরে। চিঠিদু পুদুনা মেনেংজবনা থুনা মাংদনা মপাল লোক্লবো। মচু মেনংগা মেমোলিদি হায়রিকেন পুরতাইরক্লে লৈখ্রোই।

রোমচন্দ্রস্থ মীয়াং মতম শুরহুনা জেলগী থোঙ হাংদোকতুনা ময়ুমদা চৎখিনবা য়াথং পীরে। মহাক্কী কিবম অঙকপনি মথম অমদি মকোয়তনা মমায়, মমিৎ মশক উবা ঙমদে। মোংলবা ফিজোলতনা লৈতেংহুনা, লৈতেং ওইরবা অমুবা হাযোক অমদি মতম কুইনা শূদ্রবগী লেকনা থীনা মোংপদগী অমুক হেন্না মোংথুবা শক্তমদো অউবশিংনা থওদবা অতাঙবনি। জেলগী থোঙ ময়াদা মনীং তম্লবা পোন্দগী থাদোক্লবা তেম্নরাওম মশা খিঙনা কোয়েং য়েংলিঙৈদা মেনেজরনা মেমোলিগী চিঠিদা হরাও হরাও পীরবহুদা ঙাইহাক্কী মমুংদা থঙহৌদনা চৎপ্রে। চিঠিদো পাবা লোইরকপদা ইপা পাথংনা "মেমো, ঐগী থরাইগী চাম্নবী" হায়না কৌরগা মকমহুদগী চেনপ্রে।

মেমোলিগী থরায় য়াওব্রবা হকচাং অদু সংস্কার তৌননবগীদমক্তা চিতাদা হাপ্তুনা মৈ চূবা হৌরকপদা রোমচন্দ্রনা অচাওবগী শক্তমবু লৌহুনা ইকিং ফিংনা চঙলক্তুনা অশিবা হকচাংদো পাম্বোম অনিদা কৈবম্নদা পম্নগা হিক্লবা থোম্থাংনা মেমোলিবু হম্না হম্না কৌহুনা কপ্পি। ময়াম্না ইপা পাথংনা কদাইদগী অঙাওবনো, টিঃ বীঃ গী লায়নাসিগী মহিক্লা মশাসে মচেৎ মচেৎ চাখিহুনা লৌবা য়ারয়োইদো। লৌনগল্লবা লায়নাসিনা মশা পুম্বা য়াহুনা উমথ্রবা থাজগী পাংথক ওইগ্রনিদো।

য়াহৈ অদু তাবদা রোমচন্দ্রদো অমুক্তা হেন্না কায়রবা থম্মোয়না থরায় লাকপী চেক্লানা অহিংদা লাকন-লাকন থোংবঙুম তেংথারক্লে। শিঙ্গরক্লিবা তাংথক নাইরবা পিয়াংহুন্থ তৈথোকচনমবা অতোপ্পা মথুং অমস্থ লৈরমদে ... ...।

লমজিংহুনা, নচাবা খোইদাজবা, মেমোলিগী কল্লবা ঐরৈল লৈশিনথ্রবা, ঐহাক্না পাবুংগী নখৌ ওইবদা মতিক চাবৰী অসিমা পুজরকলে। অমুক হন্না লৎনহুনা পুনবা লৈত্রবা সংসার অসি পাপকী লৈবাং চার কয়া থাহুনা অবাবগী মায়থোং উৎপীরনু

ঐহাক ইচাগী বাহৈ রাজা অমদি নিংজমদবা খোম্মোক্তু লোয়ননা মীৎলুগী পিরাং শিম্বুরক্লিবদো রা অমুক জাওবা তোদং মুন্না য়েংই। য়েংল-য়েংলগা মীৎলুগী পিরাং অরৎপা লৈতন শিম্বুরক্লি। য়েংথিবা মায়কৈ অচুদগী মায়য়োন অনি শুজনে পিরাংহুম্নু তৈথোকচগনি হায়বা কাউথোকচখে। ঐনা জ তারক্তূনা পিরাং তৈথোক্লগা হঙ্গৎলকপদদি রোমচন্দ্র অম মেমোলিগী লক্কম মুৎথ্রবগুম মাওখে। হীরুবা খোঞ্জেং কপ্পা কপ্পা ... .... .... ।

ইপাগী ইবুংঙো। রোমচন্দ্র অমদি থম্মোয়দা মণি মুং লোত্তূনা থন্নমলিবী ইমৌ মুপী মেমোলি, ঐনা মিনিং ওইরুবসিদি নখোয় অনিগী নীংথিবা চেংলোদো নোংমত্তা হং হরাওনা কৌবা কংহৌদনা পুলিস থাম্বী মৈথক্তা কায়না তৈ লাংও হায়না তমথ্রবোইদো "ঙাইহাক্তদি ঙাইরমখো। অমুক পুন্সিগী ওইনা অয়োইবা আশীর্ব্বাদ পীখিগেনে।"

অসি বাদি হায়হুনা নোং খোংবগুম কপ্তূনা কলোম মুরুম: খ্রাওদুনা লম্মাংনরবা তাইবঙদা নোংলৈ মুংশিৎ নং হিরোইগুম পিরাংনা মীৎলু নাপোম থুক্নৎহুনা, হীরুবা খোঙ রোমচন্দ্র অমদি মেমোসিবু ধ্রুবতারানি থন্দুনা নমথা পনবু লাম্মোক্তুনা ... মকম খঙদনা ঐ অচুম চৎ ... লমথংরুম .... .... ....

লোমিন্না।

কোভর পাংবীবা :—

এল: মেঘচন্দ্র সিংহ

কৈশামথোং।

ফংফম :— বুক ষ্টোরশিংদা

— মথংদা লৈজরে

কাঙ্গনা খুদোলগী অনিশুবা শরুক

"ভোবেন্দশ্বরী"

রোমানটিকতা য়ক লাউরবা

নোকপা কপ্পা কয়াতনা লৈতেংলবা উপন্যাসনি।